# africa

*(a collection of manipuri poems)*

by saratchand thiyam, 1993


| | | |
|---|---|---|
| অহানবা ফোঙবা | · | ফেব্রুৱারী ১৯৯৩ |
| মশীং | : | ১১০০ |
| ফংফম থোকপা | : | অইবা |
| নম্ফম | : | পদ্মা প্রিন্টর্স (ওফসেট দিভিজন), পাউনা বাজার, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১ |
| অফোঙবা | · | শামুবাইলাৎপম গোপাল শর্মানা, নাইটবস ফোবম ইম্ফালগীদমক ফোঙবা |
| মখুম | | গুন্নম গুনিন্দ্র |
| মমল | : | লুপা ৩৫ |

অইবগী ফোঙব্রবা : ঙেন্নালি কাববা শোদোন (শৈবেং, ১৯৮০)
শো চবুন (শৈবেং, ১৯৮৯)

অমুক হন্না পোক্লবোইদবা
ঐগী পুন্সিদা

## ৱামাঙ যানবা

বাইটবস ফোবম ইম্ফালনা ১৯৮৮ দগী ঙসি ফাওবদা ফোবমগী ওইবা তোঙানবা পান্দম অমগী মখাদা লাইবিক ২০, ফোবমগী শেলগী মতেং পীদুনা ফোঙখ্রে। তেন্নবা চহী খবগী মতম অসিদা শীংথানিংঙাই ওইবা লাইবিক কয়া মনিপুরী সাহিত্যগী পুক্কৈদা হাপচিনবা ঙমজবে।

মযাম চঙদুনা অইবা অমবু মতেং পাংবা অমসুং মগুণ নৈবা লাইবিক ফোঙবনা ফোবমগী মরু ওইবা পান্দমনি। শেন্দোং তানবগী ৱাখল লৈতে। মতম পুন্নমক্তা অইবশিংনা মায়োন্নবিবা লাইবিক ফোঙবা ঙমদবগী সমস্য অসি খবগী মখৈ মতেং পাংবা ঙমগদ্রা হায়দুনা অইবশিংগী মরুপ (বাইটবস ফোবম) অসি অইবশিং অমসুং সাহিত্যবু নুংশিবা মীওই কয়ানা পুন্দুনা লিংখৎখিবনি।

অফ্রিকা কৌবা শবতচান্দ থিযাম্ন ইবা শৈরেংগী লাইবিক অসি ফোবমগী পান্দমদা পুথোকপা ২১ শুবা লাইবিক্নি। লাইবিক অসি খ্বাইগী খুত্তা শিন্নজবি।

*লমাবম বীরমণি*
জেনেরেল সেক্রেটরী

ইম্ফাল
ফেব্রুৱারী ১৯৯৩

শৈবেংশিং


অতেবা শামু অমসুং অঙাং ১৩
উচেক মচীন ১৫
য়াচঙলকপদা ১৬
মৈবূল ১৭
লান ১৯
মহৌশা ২০
ঐগী বস অশংবা ২২
তুবেল ২৩
গুৱাহাটি ২৪
ৱাউথরক্লবা আতবগুলাপ ২৫
ঐগী লাণ্মী মওই ২৭
লেপকং কংশিল্লক্লবদা ২৯
শিত্রবশিংগীদমক ৩১
নঙগী অশোনবা ৩২
ঐগী থোঙজীন্দা ৩৩
উন মতূম ৩৫
কলকাতা ঐগী কলকাতা ৩৭
নঙগী অকনবা য়ুন্থর হাবদা ৩৯
নঙোন্দা ৪১
শিবগী নুংঙাইবা ৪২
নুং ওনগদবগী ঙাইবিবা নৈশিং ৪৪
অমোৎপনা হাজিল্লবা ঐগী সহব ৪৬
যূম ৪৮
লমহাঙ ৪৯
ঐগী য়েক্লবা ৫০
অকংবা উনা অমসুং অঙাংশিং ৫২

শৈবেংশিং

যোংমু ৫৪
অশিবনা শিবা ৫৫
ঈশিং চাইবী ৫৬
মণ্ডাল থিবা ৫৮
হল্লকপা ঙাইবা ৫৯
কাগনবা ৬০
অনৌবা মোংফম ৬১
চীং মচা মচা ৬৩
ইচে ৬৫
খ্বাইবক্সন্দ কৈথেন ৬৭
অঙৌবা উনপাক ৬৯
যোৎকী অহিং ৭১
ঊফুল পুবা শগোল ৭৩
চোবফোন মচুগী ইন্নফি ৭৫
অফ্রিকা ৭৭
ডিসেম্বর ৭৯
নহাক্তি উদ্রে ৮১
চীংনৈবাক ৮৩
কাগী ভাবা ৮৫
লাউবা ৮৭
পৃথিবী ৮৯
ঐগী লম্বী ৯১
শকখণ্ডনবা ৯৪
যুমদোমপোক ৯৫
ইম্ফাল ৯৬
নমশাঙ চৎপা ৯৯

## অতেবা শামু অমসুং অঙাং

পূমতে তেববা শামু নমশাসিদা
অচৌবা নীমোন থৌবী থূবীদুনা
নঙগী মোল্লবা দোলাইবু চিংহল্লগা তো দুন [illegible] নঙনা,
নকোক্তং থিন্দোক্লগা দোলাই মনুংদগী
বোযযেং য়েংই কোইথি থি নঙগী অপাম্বা।

হিংচাবনি খঙদদুনা নঙবু
পীক্লবা অঙাং শঙ্গূ শঙ্গূনা নঙগী দোলাই কাংখোঙ তম্না
চেনশিন্নবক্লি
কাংখোঙদা পকপা নৈখোম লৌবগা মবাযবক্তা নম্লনবা,
নঙনা হবাওজৈ
অঙাংনা যানবনি খন্দুনা
নঙগী লূখাক চগুম পীজৈ
হাউনা চায় অঙাংশিংনা মমানা কৈথেন্দগী নৈন্নকপা ঙম্মোক্কুম।

**পূমতে তেববা নঙগী শামুসে শা ওইবনিনা**
**নোংমদি শূক্লবা উমংগীদমক নঙবু থাদোক্কুনা**
**চৎখিগনি খঙবনা মঙক্তা থৌম্নী থূবীরি।**

নঙগী অতেবা শামূগী

অশাংবা মনাতোনশিনা হেপোনরবা নুংশাম্বর অমথক
অঙাং অমগী মনাকোংদা কামশিল্লি,
অঙাংদুনা মথুদোশ্বী শীংলদুনা মঙকতমক নোশী
মথোয়নীগী মতৌদুদা নঙনা
জগোয়নি থম্লদুনা থবায় তানা য়েংজরি।

৭ জানুয়ারী, ১৯৯০

# উচেক মচীন

অশংবা উনা মরক্কী উশা কাবক অমদা অকংবা উনা ময়াম পূনশিন্দুনা মতুম তাবা পৃথিবী অমা শেমগৎলকই উচেক্কী মচীন্না। অমদগী চেন্নকপা অমদগী পূরকপা অকংবা উনাশিং স্বব হোন্নক্কে। উচেক মচা ময়াম চেক চেক থোংলক্কে অনৌবা পৃথিবী অ.সিগী মনুংদা।

*১৬ ফেব্রুৱারী, ১৯৯০*

# যাচঙলকপদা

থাউমৈ ময়াম মথং মথং থানগৎনবকই।

ফুনগৎলবা য়েনখাগী খোংলম মচা মচাশিংদা
চেগী হি থাদদুনা তাউহল্লস্বা
পীক্লিবা অঙাংশিং
চঙনখ্রে ইমুংদা হন্দোক্লম্লগা
চেগী হিবু মদোম।

য়াচঙবগী ঈংলবা নুংশিৎনা
ইন্দুনা শাগ্রে
লেঙবোই লেঙদবোই তৌবদুনা,
চেগী হিনা ঙাইবি
নোংঙাল্লকপা।

*১৭ ফেব্রুৱারী, ১৯৯০*

# মৈবূল

অশাংবা লম্বীসে থুংননবা
কোয়চেল চেল্লি
অকিবা কবিনো খঙদ্রিবা
অঙাংনা
মখূত্তা মৈবূল পায়দুনা।

উচি মতৈ মনাওদু
হাইরপ কূপ্না খন্রে
অপীকপা মচীন্দুনা ফ্রিং ফ্রিং যগ্লুনা
অমনা অমগী
মনাকোংদা থাংজিন্ত্রে।
য়ামথ্রবা মচাশিংদু হবাওজৈ
মকা লাত্রবা মপূক্লিংদু ফাথরগা
মখোয় মশেন ঙাওনৈ
ঐখোয়সু উজরে তাইবংপান।

মতমগা চুনদ্রবা অমনবা মী
অহনবা ফীজোল খোংলদুনা

কোয়তান তান্নবকই
মৈবুল পায়বা অঙাংশিং।

কোয়চেল চেল্লি কোয়লোৎ লোংলি
উচি মখুল অমদগী অমদা,
অমম্বনা কাথোরকই মখয়াং
মৈবুলনা চঙখি থৌশাদনা
তপ্না তপ্না ঙাম্নোবকই
তপ্না তপ্না।

*২০ ফেব্রুয়ারী, ১৯৯০*

# লান

লোইবা য়াই
লোইদবসু য়াই নঙোন্দা
তাম্না তাবিবা কাংশি মখোলসি
নঙগী খোঙথাংনা নেৎথৎলগা নুংশিহৈতনা
অঙাওবা নোংলৈগুম ঙংলদুনা
পাইশিন্নকই মাঙহন তাকহনিংবনা মাঙওইনা।

শন্নদ্রবা ব্রাবী কয়া
ফৃক্তোক্লনা নকষ্টী খোকপমখৈ
আ নৈরোননুংদুদগী
নমদুনা ইনগে খন্নি নঙনদি
মখয়াত্তু ফাক্তোক্লনা মখোয়গী।
*১৪ এপ্রিল, ১৯৯০*

# মহৌশা

ফজবা হায়বসে
নঙনি ইমাঙদা উবিবা নঙোন্দা
তিল্লবনি সূনা

লিন অমোম ওঙ্গোক্কনা লাক্লগা নঙনা
নৈখায়রগা হেক্তা
মাঙখিগদবা নত্তে ফজবা
অনৌবা য়েল্লিংগীদমক খন্দুনা
কবিসু ঙঙ্গ্রোই তেমখায়বা
নমাঙদা উরিবা চীংজাওশিংসে

নাকেঙ্গ্লনা অথৌবা থাঙশাং পায়দুনা
নথম্মোয় ফাওনা থিনবদসু
নঙনা নোক্কনা কোনশিল্লি
অঙাঙবা ঈখেং চেম্থবকই তুরেন্দা
খীং খীং লাউখৎলকই নঙনা
ফজবা পুম্বা তিনশিল্লকই নঙোন্দা
নঙগী মোমোল্লবা মীনোক্লা

## মৈবূল

অশাংবা লম্বীসে থুংননবা
কোয়চেল চেল্লি
অকিবা কবিনো খঙদ্রিবা
অঙাংনা
মখৃত্তা মৈবূল পায়দুনা।

ঊচি মতৈ মনাওদু
হাইবপ কূপ্পা খল্লে
অপীকপা মচীন্দুনা ফ্রিং ফ্রিং খপ্পুনা
অমনা অমগী
মনাকোংদা থাংজিল্লে।
য়ামখ্রবা মচাশিংদু হবাওজৈ
মকা লাল্লবা মপূক্লিংদু ফাথরগা
মখোয় মশেন ঙাঙনৈ
ঐখোয়সু উজরে তাইবংপান।

মতমগা চুন্দ্রবা অমনবা মী
অহনবা ফীজোল খোংলদুনা

কোয়তান তাম্ররকই
মৈবুল পায়বা অঙাংশিং।

কোয়চেল চেপ্নি কোয়লোং লোংলি
উচি মখুল অমদগী অমদা,
অমম্বনা কাথোরকই মথয়াং
মৈবুলনা চঙখি থৌশাদনা
তপ্না তপ্না ঙাম্মোবকই
তপ্না তপ্না।
২০ ফেব্রুয়ারী, ১৯৮০

# লান

লোইবা য়াই
লোইদবসু য়াই নঙোম্দা
তাম্না তান্নিবা কাংশি মখোলসি
নঙগী খোঙথাংনা নেংথংলগা নুংশিহৈতনা
অঙাওবা নোংলৈগুম ঙংলদুনা
পাইশিল্লকই মাঙহন তাকহনবিংবনা মাঙওইনা।

শম্ভুবা রারী কয়া
ফুক্তোক্কুনা নকশ্রী থোকপমখৈ
আ নৈরোননুংদুদগী
নমদুনা ইনগে থল্লি নঙনদি
মথয়াত্তু ফাক্তোক্কুনা মখোয়গী।
*১৪ এপ্রিল, ১৯৯০*

## মহৌশা

ফজবা হায়বসে
নগনি ইমাগদা উবিবা নঙোন্দা
তিল্লবনি সূনা

লিন অমোম ওম্রেক্লনা লাক্লগা নঙনা
নৈখায়রগা হেক্তা
মাঙখিগদবা নত্তে ফজবা
অনৌবা য়েম্রিংগীদমক খন্দূনা
করিসু ঙম্রোই তেমখায়বা
নমাঙদা উরিবা চীংজাওশিংসে

নাকেম্বনা অথৌবা থাঙশাং পায়দুনা
নথম্মোয় ফাওনা থিনবদসু
নঙনা নোক্লনা কোনশিল্লি
অঙাঙবা ঈখেং চেম্লবকই তুরেন্দা
খীং খীং লাউখৎলকই নঙনা
ফজবা পুম্বা তিনশিল্লকই নঙোন্দা
নঙগী মোমোম্রবা মীনোক্লা

খুদুম চনশিল্লি ঈংনা নাকপা য়েম্রিংথাবু
নমীৎ ইতূক তূকথরদুনা
মোনখাঙনশিল্লি য়েম্রিংথাগী তম্পাক্তা
ফজবগী কুবাংবাগ্রা কুপশিন্দুনা
ফজবা চাম্বা য়েম্রিং হুল্লকই।
৯ মে, ১৯৯০

# ঐগী বস অশংবা

মথৌনা ফ্দোক্তুনা
ঙুং ঙুং ঙংলদুনা শীন থুংলম্মী
ঐগী বস অশংবা
কোয়তান তাম্ররম্মী তোংগদবগী
পেসেঞ্জরশিংনা
লাইরবগী তেল্লা পানবদগী
ঙসিদি ইনাক্তা কুম্লদুনা
মঙম ইশান শান্দনা
ঐঙোন্দা য়েংলি
বোদি ঙাক্তা ঙায়রবসু
শিথবক্লবা অশংবা মচুবু কোকহনিংদবনা
মনম ইপোন পোম্লদুনা
ইরুমদা থূপকদবগী হোৎনরি
খঙদবা মীনদি
ঐসে লাইবক ফবনি
বস অমগী মপূনি হায়বিরি।

১৭ জুন, ১৯৯০

# তুরেল

নীক নীক লাউনা চেনবা
ইমায় চোল্লবা নগুগা
শান্নমিন্নে ঈকপুনা লৈওন্দুনা
নগুনা তৌশিল্লবগী পুগে তৌই
ঐনা খগুদুনা চেনখৎলি লৈবায়দা

নগুদি লোইরেদো ঈপাক হেক য়ৌবদা
ঐদি পামদে লোইশিনবা
খীং খীং লাউনা উচেক মচাগুম
অমুক চোংথ অমুক কাখৎ
লৈনিংই সুকহোং হোংদনা
২৩ জুন, ১৯৯০

# গুৱাহাটি

ফজনা উহল্লি হেক হেক লায়না চেন্দবগুম
নঙগী লোনশিন্দবা থোঙনা।
লায়না অমনা ফ্দোরকপদা
হেক্তা কাথেকই নঙগী ফজরবা মায়থোঙ।
চা বাগান্দা
চা মনা হেক্রিবীশিংগা
থাউগী খনিদা
থাউ চিংথোক্লিবশিংগা
মীৎচান্নবকপদা নঙনা মিপাইবদুনা
নমীৎ উইশিল্লি।
বিহু জগোয়দা নঙনা ঢোল য়েদুনা
চোংহল্লি পেন্না
নঙগী নথাদা য়া-ওল্লিবশিং।
নুংঙাইরবা নঙগী বিহু জগোয়দা লাক্লুনা
যাওরল্লবা মখোয় কয়াগীদমক
নঙনা কপ্পি
নমায় লৈথোক্লুনা।

*৪ জুলাই, ১৯৯০*

# ব্রাউথরক্লবা আতবগুলাপ

থারবা হিসাবকী বোয়দু মাঙদা থম্রদুনা
য়েংলি
পাবি
খোৎলি
কনাদা শেন্দোয় কনাদা লৌশান।

চঙলক্রি তপ্পা
মীহুৎখোঙ মচাদু ফাওজিন্দুনা
য়েনখাদা শাৎলিবী আতরগুলাপকী নৈনম,
ইকোয় কোয়না ঙাক শেপ্লি
নুংশিরবা নৈনম্না হিসাব শূবদু,
ফাইবেন থানা পুবকপা থারবা উফুল মপৈদু
চঙজফম পীদে ঈংলবা কাদুদা।

চঙজফম ফংদ্রবা উফুল মপৈ মপৈনা
কৃপশিন্নকই
থানা
নৈকা ফম্না শাৎচন্নিবী আতরগুলাপতুদা

হিসাব শূবগী মীনায় মীশন ময়ামদুনা
মীকচিল্লি ঈশিং,
আতরগুলাপ অদুদি তপ্পা তপ্পা বাউথরক্লি।

নুমিদাংবাইরম অমদগী নুমিদাংবাইরম অমফাওবা
অহিং অমদগী অহিং অমফাওবা
সম্লী তারিবা নুংশিৎনা
কোয়পু পুরি বাউথরক্লবা গুলাপকী
মশা নারবা লৈনম,
মপুক থুক থুক লাউরক্লদুনা হিসাব শূবদু
তপ্পা লোনশিল্লি
মনিং তম্লা হাংদোক্লম্বা মীহুৎথোঙ মচাদু।
*৩০ জুলাই, ১৯৯০*

# ঐগী লাগ্মী মওই

য়েক্লবনা ইকোয় কোয়শিল্লবা লানফমসিদগী
থোকখিনবা লম্বীসু লৈশিল্লক্কবে
মাঙদা থোঙ অমদি লাওনা হাংলদুনা
অশিবনদি কৌরি
ঐ চংনিংদে
ইতুং ওম্প্লক্লগা
চেনখিবা তাই
সুকউ উদনবা সুকনিং নীংশিংদনবা
পুক্লীংসে শোক্লখিদনবা
য়েক্লবগী লানবনসি নমখায়দুনা
চেল্লগনি
ঐগীসু থৌনা অমদি লৈজে
অদুবু ঐগী অশোনবী ইমানা
করিগীনো অহিং অথেঙবদা
মথুক্লা লেন্টর্ন পায়দুনা ঐবু হল্লকপা
হেক হেক ঙাইরম্রিবা
থুরবা লৈরক মচাদুদা
হিংবা হায়বসে লৈরমদ্রবদি

চপ মান্নরমগদবনি ঐখোয়সে

খূৎ পুন্নমক তুংবুন্নরগা
হূই লাবগুম পঙচীক্তা চীক্রদুনা
লানফমসে অসুম অসুম চাউথোরক্রে
ইচঙ থৌনা চোংথোক্লিবা লাম্মী ঐগী ইকোক্তা
উপলিবা খোংনাং মনাগী তুপ্পীবু
মায়কৈ খঙদনা হূমজিন্নকলিবা নোংলৈনা
লৈমায়দা তাহনবদা নত্তনা
করিগী নৈখায়রিবা সু সু
মতম্না তপ্না ইহুরগদবা
বাংলবা দলানসে ঐনা থুগায়নিংদুনা
হোবে হোবে চঙলূরগা
শকহেনবীগী নীংজোন য়ৈববা শম্রাংদু
মম্পোমচানা থবৎ ককথৎপীবদু উরগা
ঐনা কবিগী কপ্লিবা
চঙশিনবতা হৈনরবা ইখোঙ অনীসিনা
হায়নবা নাইদনা কবিগী হম্পোরক্লিবা
ঐগী লাম্মী মওই
ঐগী লান মথেংন
ঐ খঙলে লানফমসিদা শোয়দনা তুরনি ঐহাক
১০ আগষ্ট, ১৯৯০

# লেপকং কংশিল্লক্লবদা

কৃইরে লেপ্লিবসে ইথক্স নঙবু ঙাইদুনা
হল্লকপা হায়বসে কাউগ্রবরা চিংনবক্লে
ঙসিদি তয়াং তশোইরক্লে পৃক্লিংসিসু।
অশংবা ইনাতনা পীক থল্লম্বদুসু
কেনখিবনা মথং মথং
ইরু ইকোক কোক্লে
মায়কৈ খঙদনা ফন্দোক্লিবা ইশাশিং
কংশিল্লক্লে তপ্না তপ্না
থৌনা ফনা ফাও ফাওদুনা চৎলম্বা ইরাশিং
অকিবা নৈতনা নুংজ্রেং নুংগায়রক্তা
চোকথরক্লে ঙসিদি।
ইনাক্তা চেল্লিবা তুরেল
নিল খোংলদুনা হরাও মথোই কারদুনা
নুমিদাংবাইরমগী পুন পুৰী ময়াম্না ঙাইরম্নগনি খন্দুনা
কৃইবে চৎখিবা
লেপকং কংশিল্লক্লবা ঐসে
ইথক্স বাজবদগী হেন্দোক্লুনা
ইশাদা তোংদুনা শাৎলিবী খোঙুলমৈম্নে মাগীসু

ঝাদবা শুমলক্কে

ঐসে পোৎলুম অমদগী অমা
থোজৎপীদুনা ময়োল ময়োল
হীপনিংদনা হীপহনদৌরে
শক্লনিংখিদ্রবা লৈমায়সিদা।
নগুগা অমূক্তংদি উল্লনিংবনি
হল্লকপা ফাওবদংদি লেপনিংবনি
শিল্লনিংলিবা ময়ামসে নগোম্দা
শিল্লজবদা ঐনা
নগুনা হল্লাওনা লৌহৌবদু য়েংজরগা
ইদোম তুখিবদুনি ঐনা পামজরিবা।

*২ অক্তোবর, ১৯৯০*

# শিখ্রবশিংগীদমক

শাউনবগা মখোয় মশেল
মীচঙ খোল্লদুনা নাকপাক নাকপাক
লৈপ্লে শীংনদুনা
লান তৌনৈ
খম থেংনা নুংশিনদে।

হাত্তোক্লবগা নুংশিনবকই কাইনথণ্ডদা
অশোকপশিংদা সেবা তৌবি
অহাওবা পীজৈ নানফাশিংদা।

মতম চঙনা শেমগৎচবা সহর কয়া লৈবাক কয়া
মীৎকুপ্তা তাঙ্গোয় ওলহল্লি
শিখ্রবশিংগীদমক লৈকোল শেমগৎলি
কুমওন কুমওন খুদিংগী লৈ চাইথে।
*৫ নবেম্বর, ১৯৯০*

## নঙগী অশোনবা

নতুং থক ওঙ্গোবক্রগনূ
নতুং হন্না চৎপসূ ঙমদনা
ঈহিং নাহিং শারবা নমায় নমীৎ
খোৎতংপীবদা
মী খরগী চৌরবা মখূজিন্না,
উৎকে খল্লিবা নুংশি চাউবা
মী খরদা
মখোয়গী মীনুংশি ফংনবা নঙনা
ফংলোই কৈদৌনুংদা মীওইবদি অমত্তনি।
নঙগী চৎকদবা লম্বী
নঙগী থাংগদবা খোঙথাং
চৎপদা চৎখো
কায়দনবা নঙগী খোঙচৎ।
২৭ দিসেম্বর, ১৯৯০

# ঐগী থোঙজীন্দা

লেপ্পগনু ঐগী থোঙজীন্দা
তোয়না
য়েংনীংদ্রে নঙগী শক্তম,
পুমচোং চোংলবা নশাদু লৈবাক নীংবা শাবশিংনা
পি খিকচিনবদা
নমথিরে নশাদুসু
পংলবা লৈনা কুপশিনবদা।

কয়াম কুইনা চংখিগনি
থোঙজীন অমদগী থোঙজীন অমদা।
ঐ খঙই,
নঙনা কৌথোক্নে নীংলিবা
নচাশিংবু তিংখং তুম্বৌ নেংলিবা।

নঙগী নীংতম্বগা
নচাশিংগী অশিবা হকচাঙগা
হৌনশানি দোলাই অমত্তদা তোংম্মিন্নবা।

অমুক পোক্লককখিনি হায়বসু খঙদবা

পৃন্দিগী খ্বাইদগী চাউবা য়েক্লবা অশিববু
কোন্সিন্দুনা থত্রি নাম্থোকখিদনবা
নঙবু নীংজবা
নঙগীদমক হিংজবা নচাশিংনা।

নঙদি য়াফম থোক্তে
নঙদি কপফম থোক্তে
নঙবু নুংশিজবা নচাশিংগী মমাঙদা।
*২১ এপ্রিল, ১৯৯১*

# উন মতূম

শেগায়বন্মী চে কয়া শিংকূপ শানা
চাইখায়রন্মী লম্বী থল্লা
ইপুবোক্লা ঐগী নুংশিববা ইপুবোক্লা
থুগায়রম্মী পুমতোই তোইনা
লীক্লী কয়া মখুৎমক্লা
লংথেক্লম্মী লমজাও সরক খুদিং
ঐগী ইপুবোক্লা
ঐবু য়োকপীরকপা ইপুবোক্লা

মী খুদিংমক চৎনৈ
নেৎখায়দুনা অকায়বা লীক্লী মচেৎশিংদা
ইপুবোক্লা হরাওই
লীক্লী মচেৎশিংনা নৈ ওল্লকপদা

ইপুবোক্লা হল্লক্তে তৌই
মায় ওল্লেরক্তুনা
ঘন শাদুনা মখোঙ মরী পাল্লগা
অমুক হনবসু য়ারবোইদবা লম্বীসিদা

ঐনা থিংই
চপ লেপ্তুনা মমাঙদা
মীরুং শানা কোম্নবা মখাঙপু ভিংথোক্লদুনা
লেপথংনবা হোংনরগা
ঐঙোম্দা য়েংলকই
করিমত্তা হায়দনা
মপি জর জর শীহ্নরগা

ঐনা তপ্পা কোনশিল্লি
ঐগী তমপাক্তা পোথাহল্লি
ঐনা নুংশিনা য়েংজৈ
ঈংথরবা ঈনা চাইথাইরক্লুনা
উন মতুম ওনদ্রিক্তে ইপুবোক্না

ঐবু য়োকপীরকপগীদমক
ওলহনবিংদবনি ইপুবোকপু উন মতুম
অদুবু ঙমদ্রে
অসিননি
ইপুবোকপু ঐনা অসুক্কী মতীক
নুংশিজরিবা
১০ মে, ১৯৯১

## কলকাতা ঐগী কলকাতা

চাউরবা কল কারখানাশিংদগী কামথোয়রকপা
অমুবা মৈথুশিংনা
পাক্লবা অতিয়াবু সিলিং থুংনা থাজিনখ্রে।

বোল পায়দুনা চেন চোংগদবা অঙাংশিং
নোং ঙানফাম্ব্রিৌদা থুংলৈ
ট্রেনগী থোঙনাওদা মথুং তিংথোক্লুনবা।

মখোঙ থাংবা হৈফাম্ব্রিবা অঙাংশিংবু
তম্বীরি জগোয়
থোংথবা নৌথবা শিথশিন্নবা
প্লেটফোর্ম মনাক্কী ঝোপড়া মনুংদা
মমাশিংনা।

কলকাতা নঙগী পার্কতা
থুংশন্নদুনা চংলি হনুবা হনুবী
লৈশিংনা শাংকদবগী হোংনরি নোংমা কাংদনা
ধুপ আগরবত্তিগী মনমগা

মুক্ত মুক্তদুনা।

কলকাতা
নঙোন্দগী লাপথোক লাপথোক্লগা
লমহাঙ
লমহাঙসিদা খাংপোক মচা মচা
ফি শেত্নবা মী
অমাংশঙ ওর্থোক্লবা মফম।

চাউবা হেন্দ্রবা কলকাতা নঙনা
মীয়োনবদি লেপ্তে
য়ৈথখিবা অঙাংশিংগী মরক্তা
হিংহৌবা কয়াদি য়েংলক্লি
পৃথিবীগী লৈবাক কয়াদা
ওরফানেজগী থোঙনাওদগী।

কলকাতা
নঙগী ননাক্তা থোমজিল্লক্লি মী কয়া কয়া
নঙগী হেঙ্গিং ব্রিজ লাম্বোক্তুনা
তাগদবগী নুংশিরবা রবীন্দ্র সঙ্গিত।

কলকাতা ঐগী কলকাতা
কলকাতা ঐগী কলকাতা অসিখক্তনি
চৎখিবগীসু লাকপগীসু
মতম পুন্নমক্তা।
১৩ মে, ১৯৯১

## নঙগা অকনবা য়ুহাব হাবদা

মোমবর্ত্তি অসিমফাওবদি ফবনি
তুম্না অমুক্তা চাকহনবা
নঙসে ফত্তবা অসুম হেঞ্জিল্লক্রে
নঙগী নাক্তা লৈগদবা কিশিল্লক্রে
নঙসু খঙলিবনি
ঐখোয় খুদিংগী খুত্তা মৈখেৎ য়াওদে হায়বা।

হৌজিকপু মৈখেৎ থিদুনা
মোমবর্ত্তি অমা চুখৎনবা হোৎনবদা
ঐখোয় মশেম্পনি
ঐখোয় মনুংমক্তদনি
নেংখায়নগদৌরিবা।

চপ মান্ননসু পীবিদে ঐখোয়দা নঙগী ভাইওলিন্সে
খোংজনবা হন্নাও তয়ান্না নুংশিবা সুরদা
সুর মান্নদ্রবা শৌশক তিন্নদ্রবা ঐখোয় মশেন
পুক্নিন্নবা হোৎনবদা কায়বনা হেনজিন্নকলে
মচোই মচোই ভাদুনা

চৎনখ্রে পঙচন্তা হল্লা য়েংনদনা
লেপ্পররোই নোংমন্তসু ময়ূমগী থোঙজীন্দা
চুপচনবা থোঙবাদা পেল্লা

হৌজিক্তি নঙ
চঙলগনি নশাগী মনুংদো নথক্ত
নঙগী অকনবা য়ুহার হাবদা।
২৭ মে, ১৯৯৬

# নঙোন্দা

নঙনা অসুম অসুম ফজরক্লি
নঙোন্দা পুংলুপ লুপশিনগদবগী হোৎনরক্লি
মীওইবগী ভুক থুদিংমক লীৎশিল্লকলি
নঙনা হবাওরদুনা থোঙ লাওনা হাংলি
মীওইবগী থোঙপাকশিং মথং মথং লোনখৎনবক্লি
নঙগী লৈমায়দা তেংথা থোঞ্জেল তারক্লি
নঙগী ফীজোলদা ঈহিং নাহিং তৈরক্লি

*৫ জুলাই, ১৯৯১*

# শিবগী নুংঙাইবা

পোকপদগী শিদুনা লৈরবা ঐঙোন্দা
শিননবা হু পীথক্রিবা নহাকপু
কৌজবা তাই ঐগীদি ঈশ্বর

হিংবসে করম তৌবনো
কয়ামুক নুংঙাইবনো
খঙগে খল্লগা সুকঙম ঙমদবা
পামদি পায়জবা হিংবা হায়বদো
য়াদি য়াদবা পোকপদগী শিবক্রবনিনা

অসুক কুইনা শিদুনা লাক্লবা ঐহাক্না করিগী
হিংনিংবগী অপাম্বা পোক্লকলিবা
ঐগী অকোয়বগী সংসারদা লৈরিবা
অহিংববু উরগা
ইতোমতগী থম্মোয়দা ইথত্তুনা খঙরক্রিবরা
ঐসু হিংবা য়াবা অমঙম

ঐগীদি ফববনি শিবগী হায়রুরবদি

ঐগী অকোয়বদা হিংলিবা পুন্বা
শিরখিনি নোংমা
মখোয় লোইনা য়ায়
শিগনি হায়রবসিদা
অরাবা অসিমদি
ঐঙোম্না লৈরে
লাইবক ফরবনি ময়াম্না পান্নদ্রিবা
অশিবা অসিমা ঐহাক্না ওইবা ফংজরৌবসি।

২৮ জুলাই, ১৯৯১

# নুং ওনগদবগী ঙাইবিবা লৈশিং

নুং ওইয়ু
নুংদগী হৌরগা নুংদা লোইয়ু
নুংগী পুক্সি অমা শাগৎলু
নুং ওইবনা ফরবনি হৌজিক্তি।

নুং মশেন থেংগায়নবদা
নুংগী থম্মোয়দা লৈরিবা চাকঙমদবা মৈরী
চাক্রক্কনি রাংনা
ওইদবা য়াদ্রবনি নুং
নুংগী যুগ অমা শেমগত্তবা য়াদ্রবনি।

নুংগা লৈগা থেংনবা য়ারোই
নুংনা নুংগা
লৈনা লৈগা
অদুদগী মঙাল।

থরো থরো ওল্লিবা নুংনা
লাকপা তাবনি

নূং ময়ামগী মরক্তা
ওইখিনবা অমত্তা,
কনবা তাবনি মহাক্নপু
নূংথং পায়দুনা তাম্ররক্লিবা মখোয়দগী
নূংগী পুন্সি শেমগত্তুনা।

কুইশিন্নক্লগা
কুইর কুইরগা নূংগী যুগতগী লাপথোরক্লগা
নূংগী পুন্সিবু হম্দোকলমদুনা
চৎনখিবগী খোঙ্গূলশিংদা
লানফম অমমম ওইহৌরি।

নূং ওন্দুনা
নূং ওইবগা ওনশিন্দ্রবদি থরো থবো
নূং ওনগদবগী ঙাইবিবা নৈশিং
কেনখ্রগনি লোইনা
নূং ওলহৌবা নংদনা।

নূং ওইয় নূং
নৈস্ ওইয় নূং
নূংদগী হৌরগা নূংদা লোইয়।
১৫ সেপ্তেম্বর, ১৯৯১

## অমোৎপনা হাজিল্লবা ঐগী সহব

অমুবা মৈখ্ মপৈ মপৈ পাইখৎলক্লনা
ঐগী সহববু অমম্বনা কূপশিল্লক্লবসু
ঐগী অবোক্কী ভৌথোরক্লবা শম্লাংশিংবুদি
থক ভমদ্রে মুহনবা
পাম্মুনা থমজবা মুসুক মুবা অবোক্কী শম্লাংনা
অসুম অসুম ভৌথোবক্লনসু
ঐগী অমম্বা সহরবুদি ভালহনবা ভমদ্রে অমুকসু।

পৈশিল্লকই সহরসিগী অকোয়বদা
ফত্ত হৌদি অপুম অশা
ঐগী সহব মবুক কংথোরকই
মনাক নকশিনবা কিদুনা সহব মচাশিং
থৈদোক্লখি তাশিন উশিদ্রদনা
নোং ফাদোক সহবদা লাকচবা খুঙ্গং মচাদুনা
ইকায় ফিরুক হাইদোকপী
ঐগী সহবনা কপচবদু থেম্বী।

অমম্বা মৈখুনা থানা কূপশিল্লক্লনা

অমম্বা অহিংতমক ওইজরবসু
থুং থেক্লুনা চষ্ট্রী পাবা ঙমদ্রবসু
ঐগী সহরগী মীশিংদি মশক ওম্লক্লি।

অমোৎপনা হাজিল্লবা ঐগী সহরগী মথুং পায়দুনা
সহরগী মীশিংনা চিংই
ঐগী সহব মচী লেঙদে
সহরগী মীশিংদি চৎখি
কদায়দনো হায়বসু তাক্লমদনা।
*৪ অক্টোবর ১৯৯১*

# ঘুম

মহাক
নাকখি
চঞ্চলকখি
পোখাখি
অদূদগী
ননশিনখি
ঘুমসিনা নীংখায়রক্কুনা।

১৮ ওক্তোবর, ১৯৯১

## লমহাঙ

ইশং শংলম্বা উমং রামংশিংনা
লমহাঙ ওইরকপদগী
চঙুংননা চৎলম্বা সিফাই শঙ্গু
হনম্রে

নোংয়াই মতুং ওইবক্লগা
হেক হেক তারকই
মপূক লাম্রবা অঙাংশিংনা নাহেরকপা
২২ নবেম্বর, ১৯৯১

## ঐগী যেক্লবা

হঙ্গিল হঙ্গিল নেংথরে
ঐগী লৈজবা পাঙ্গল পুথোক্লুনা
ঐগী যেক্লবদা
ঐগী অমত্তা ভাইববা যেক্লবা মঙোন্দা

ঐনা লৈ ওইদুনা শাংলি
মহাক্কা নুং ওন্দুনা লাকই
ঐনা নুং অমুক ওল্লি
মহাক্কা লৈ ওইনা শাংলৈ

ঐনা শেগায়বে শিংকুপ শানা
উদনবা অমুক মপুম ওইনা মাবু মীংমাঙদা
ঐনা ফুমজিল্লে লৈনুংদা
সুকথোক থোবক্তনবা

অচৌবা মৈগী চীং পোকথায়রকপদা
পাইথোরকই মৈবুল ওইনা মানা
ঐগী হকচাংবু মৈ ঈকপি

## মথৌ হাপ্পী

লমহেনবা মাবু হাৎনবা
থোঙফম চেৎনা লেপ্পুনা
মথৌ হাপ্পবা ঐগী হকচাংনা শেম শাবকপদসু
থোঙফম অমত্তা হোংদনা
চপ লেপ্পুনা লৈ ইমাঙদা মহাক্না
ঐনা শাউই
মহাক্না নোকই

*৯ ডিসেম্বর, ১৯৯১*

# অকংবা ঊনা অমসুং অঙাংশিং

মতম লোইরদুনা
চবুন চবুন পাইথরকই
অকংবা ঊনাশিং
তিন্নরম্বা উশাশিংদগী।

অকংবা ঊনাশিংনা কৃপশিল্লি
নিংথমথাগী ঊফুল থাংলবা লম্বী সরক্তা।
চানিংঙাই লৈতদুনা  চবা হেল্লবা
অঙাং মচা মচাশিং
খোঙ্গ্রাও মতং অমমমগা
নিংথমথাগী অঙৈংববু তেমশীংনরি।

চেল্লকই মখোয় হরাওনা অকংবা ঊনাবু উবদা
চোংশিল্লকই
জগোয় শাই কোয়রৈ লৈনা।
মখূৎ নাম্মনা অকংবা ঊনা খুল্লি
মখূৎ নাম্মনা নাম্বুগদৌরবা খোঙ্গ্রাও চিংখৎলি।
নিংথমথাগী অঙৈংবা খাঙনরগনি খম্দুনা

কোয়খোম খোম্রবা অকংবা ঊনাশিং পূদুনা
চেন্নকই অমূক
চাক য়াওরক্তবগী নুংশাম্বর মপীগা লোয়ননা।

চেঙ বোরা বোরা পূদুনা
কন্না থৌরকপা ত্রক পরেং পরেংনা
তকখায়বম্মী
অকংবা ঊনা অমসুং অঙাংশিং।

অকংবা ঊনাশিংগা
ঈখেং শীন্থববা
শিংকুপ শাববা অঙাংশিংগী হকচাং কয়াৎশিংগা
পূন্নপ তিন্নরি
নিংথমথাগী পাক্রবা লশী মথক্তা।
*১৪ জানুয়ারী, ১৯৯২*

# যোংমু

অমম্বা অহিংগী মথবাক্তা নেৎলি
যোংমু ময়াম্না

থৌনা ফরবা মীওইবা অমসুং উপালশিংনা
অহিংগী অরাবসিবু
য়েংবা ঙমদ্রদুনা
চিংথোক্লবা হোৎনৈ
য়োংমুগী মঙক্তা থৌবী থুবদুনা

য়োংমুবু অঙানবদা চিংথোবকপগী মহুত্তা
চিংশিনখি মখোয়না
মীওইবা অমসুং উপালশিংবু
অমম্বা মবক্তা
২১ জানুৱারী, ১৯৯২

## অশিবনা শিবা

অহিংবগী মনাক্তা নৈশিন্দূনা লৈরি অশিবা নঙনা
মাগী মমি মৃখৎনবা,
কাউথোক্নুনা হেক হেক
য়াওবিবদো অহিংবদা অশিবা।

*৩১ জানুয়ারী ১৯৯২*

# ঈশিং চাইবী

ঈশিং চাইবীনা
য়েথদুনা থম্মীরবা হকচাং পোলাংদু
পোকথায়রক্লে
মচেৎ
মচেৎ
অমত্তা শম্নদবমখৈ।

নাইতোম তাহৌববা কোক্কী তুম্বানা
শীংনদুনা লেপখৎলকই
লেপ্তুনা চাইথবক্লিবা ঈশিং চাইবীদা।

মীৎ নহা অনী মাওথ্রবা
কোক্কী তুম্বানা কোয়থি থিরি
উবা শাদুনা
মাওথ্রবা পাম্বোম অনী।

হৌনা নোক্লকই
ঈশিং চাইবীনা তুম্বাগী নাকোং য়ৌনবা।

ইহো হোরবা
ন্যাকোং মখূল অনীদূদা
কোয়চেল চেল্লি
ঈশিং চাইবীগী করেম্রবা মীনোক্লা।

নাইতোম তাহৌববা কোক্কী তুম্বাবু
ইস্নোরকই
মপান নাইদবা ইপাক অমদা
পুম্বুম তাবা ঈশিং চাইবীগী
পাম্নোম অনীনা।
*২৭ ফেব্রুয়ারী, ১৯৯২*

## মঙাল থিবা

মঙাল অমা লোৎলি খঙদদুনা মশাদা
মঙাল অমা থিবি।

ফি থোংদ্রবা সহরগী ভুমখৎলকপা
ফৃবা দলান্না
মঙালগা মীংকুপ অমত্তা থানদনা
চেজেৎ কোনশিন্নবিবদু উবদা
ইঙক শুক্রদুনা
চপ লেপ্লি মহাক।

থিবকপা মঙালদু নৈবে নীংলদুনা
কাখৎলকই মত্তোন তল্লা দলানগী।

উখিবা মঙালদু
মাঙদ্রে হৌজিক্তি।

অমম্বগা চুপ্পদুনা নৈবন্নে।
১৮ মার্চ, ১৯৯২

## হল্লকপা ঙাইবা

মবোল থোক্লবা
নুংগী মৃত্তিদুনা নুতিগী ঙাইবম্মী
ঐনা হল্লকপা।

ঐনা হল্লকপা খুদিং
ঙাকপী শেনবীবি অহিংগী অমম্বনা ঐগী অকোয়বদা।

মনাক্তা চঙশিন্দুনা নুংগী মৃত্তিগী
লেপ্লুই। হল্লকলে তাকলুই মঙোন্দা।
ঐবু যেংবদা উইশিনবা কাউববা মাগী মীৎলু অনী
খুমজিনগে হোৎনকুই। য়াদে।

ইঙ্গিৎ পীবকই অহিংগী অমম্বনা।

থনম্রে নুংগী মৃত্তিবু নাইতোম
ঙাইরম্রবা ঐগী হল্লকপা খোঙচৎ অমমুক।
১৩ মে, ১৯৯২

## কাযনবা

নোংঙাল্লকলে।
নাইতোম হীপ্লম্রে ফমুং অমমমদা
মমা অমসুং মচা
পুন্না হীপমিন্নখিবা ফমুং অমত্তদা
ঙবাং অহিং।
শেংলবা নুংশিংনা নোমদুনা শান্নবি
লোনশিনবীদ্রবা থোংনাউগী পর্দাবু।
খোঙ থাংদোবক্রে মচা
অমুক্তং য়েংলম্লগা
মমাগী লাইবক্তা কাবিবা হুমাংশিং।
খঙহৌদনা চংখ্রবা মচাগী
খোঙ্গুল লীবকই মমান'
মাব মাবদুনা নিলহৌবিবা খোঙজি মখোল মবক্তা।
চহীগী থাববা নৈবোলনা কুপশিল্লকলে।
উনবসিমদি ফংদ্রে।
মমান' মচাবু থিবদি তোক্তি
মচানা মমাবু থিবসু লেপত্রি।

১৮ মে, ১৯৯২

# অনৌবা মোংফম

অনৌবা মোংফম অমা পোকচবে
অশিবনা কৃইনা মিরোনজরবা মতুংদা।

নৈ খৃজোক খৃজোক পায়দুনা
মী পরেং পরেং লেপ্লবে
অনৌবা মোংফমগী থোঙ্গালদা
থারবা নুংঙৌ মপাক মপাক্লা হীপথবক্রে
খোঙউপ তোংদ্রবা ফিশেং শেৎপশিংবু
নেৎহল্লবা মথক্তা।

নৈ থারে, নৈ শাৎলে, নৈকোল ওল্লে।

শাংলবা খোঙলগী অমনা
হুকচিনবীরে নৈ পরেং ওইনা
অনৌবা মোংফমগী গুকশমদা।

অশিবনা
নাউশুম ঈশৈ শক্রদুনা পমজরি মথানুংদা

নৌনা পোকচবা মোংফমবূ।

শারেপ ফারক্লবা মোংফম্না অমুক
সনাগী ফিজোল থোংলদুনা
অমম্বা অহিংগী মচীনবান্দা
চউম্বী চাক ইনবীরি।

অনম অহা চুবদুনা হাকাম লাওনা চল্লগা
পদ্রাক তানা ৱাঙ্থবে-নুমিৎ
নোংঙানবা ঙমদনা।
২৬ মে, ১৯৯২

## চীং মচা মচা

লেপ্লি অদুগা ঙাইবি
হি কয়া নৎত্রগা
জহাজ কয়া
হিথাংফমসিদা যাত্রিক কয়ানা।

হি অমা লাকই হোন্দোকখি
জহাজ অমা চঙলকই থৌদোকখি
মীয়াম পূব পূবগা।

তোর্ব্বান অমগা তোর্ব্বান অমগা তাইশিন্নবিবা
ঈশিং ঈমায়না শান্নবি
অকনবা নুংশিৎকা
অদুগা হৌহল্লি অকনবা ইথকশিং।
ৱাবদুনা নুংশিৎনা চৎত্রগা
ঈশিং ঈমায়না লৈহৌই তুমিন
ঈং তপ্পবী য়ুমগী মৌঙম্রা।

যাত্রিকশিংনা য়েংজবগা

মোং-হাদ্রবা ঈশিংগী ঈমায়দা
যৌরগনি থল্লি যৌনিংলিবা তোর্ব্বান্দা।

ইরোম্নুংদা তুমিন্না লোৎলিবা চীংজাও
নংত্রগা চীং মচা মচাশিং
মথি ফোংলকই অমুক অমুক
য়োৎশিনখি হি কয়া জহাজ কয়া।

লোৎলিবা চীংগা
চৎলিবা জহাজ কয়াগা
হেক হেক লাম্বেংনৈ।

ইরোম্নুংগী চীংজাওনা ঙমদুনা
ফোংনা লেপ্পস্ য়াওরে
পাক্লবা ঈশিংগী ঈমায়থক্তা।

নীংহম্রদবা চীং মচা মচা থরদি
লোৎলি ইরোম্নুংদা
অদুগা লাম্বেংনরি মীংকুপ থুদিং
ফোংনা লেপ্পনবা ঈমায়থক্তা।
১৩ জুন, ১৯৯২

# ইচে

নোং অসি লেপত্রি
থোকখিগনু ইচে মপান্দা।

নুংথিল ওইজবতনি
অহিংদা য়াওং ইনখিঁত্তেদগী
ঐথোয়গী নুংথিলদুদি ওইদ্রবনি।

কাম্রবোই ইচে নঙগী ছাতিন্দুনা
ঙম্রোই খনবা নশাদুবু নোংলিক্তগী।

তারবা নংত্রা খোঞ্জেলসে
থোঙ্গাল খুদিংদা নিল্লিবা
মবোল শুদ্রিবা নাম্বাশিংগী।

ইচে নঙ চংখিনু
নোং অসি হেন্না কনখৎলক্নি
ইচে নঙ চংখিনু
ইচে নঙ চংখিনু

য়েংঙু ইচে শূমাং খূদিংসে
ওন্নে
মণ্ডারক কানবী।

ইচে নঙ চংখিবা য়ারোই
লম্বী খূদিংসে নিল্লকলে
হৌরবা বূটকী খোঙ্জেলনা।

ইচে নঙ ইমুংদা লোংলূ
ইচে নঙ শূকচং চংখিগনু।
২৯ জুন, ১৯৯২

# খাইরম্বন্দ কৈথেন

১

লাণ্মী ময়াম থুংলৈ। চন্দে।

বানা খাঙই

খাইরম্বন্দ কৈথেন।

খুৎলাই য়াওব্রবা লাণ্মীশিংনা চিংথোকই কৈথেনগী

মখোঙ অনী

শগোলবন্দ অমসুং উরিপোক্তা

মখুৎ অনীনা

অৱাং অমসুং মখা দুকান্দা

(হৌজিক্তা থাঙ্গাল অমসুং পাউনা বাজার)।

২

অকনবা নোং নুংশিৎ মায়োক্তদুনা চপ চপ লেপ্লি

লাণ্মীশিংনা মনমদা মচা পোশিল্লগা।

থক্তা কৃপ্লিবা প্লাষ্টিক পাকখলদু লেকথরকই

লেপ্লাও য়াওবা নোংগা মায়োক্তবদা

অচেংবা তাপ্লা লুপ্লিবা কৈথেন যন্না পুদুনা চৎখি

লাণ্মীগী মণিবু।

মীয়াম তিনখৎলকপদা লম্বীনা পীকশিন্নকপদা
খূৎলাই পায়বা সিফাইশিংনা
খূৎলাই য়াওদ্রবা লাম্মীশিংবু তানখাই
অমূক চেঙ্গোকই
অমূক চেনশিল্লি
জোবার কন্না কারিবা সমুদ্রগুম।

৩

কালেনগী ওল্লাং গুনশাওনবদা
হৈনিংগুম হৈনিংদগুম চৎনিংগুম চৎনিংদগুম
চমোৎনরবা নাগ তুরেলনা গুাথু থেংথুরি
চৎনা-নাববা নম্বুলদা।
মবেক থাংলবা নুপামচা নুপীমচাশিংনা
অচৌবা বোরা অমমম পায়দুনা
কোংঙৌ তিন য়োৎতেক থাগুতেক খূল্লি
হোগায় হোগায়দুনা নাগ তুরেল তোর্ব্বান্দা।
নোংজুথাদা নাগগী ঈচেলনা
দোলাই তোংলিবী কৈন্যানা ইকায়শিন্নদুনা
বরগী নাক্তা লাকপগুন্না
লাক্রি খা পাংনা চেম্বুবিবা নম্বুলগী নাক্তা।
ঈমায় চোন্নবা নম্বুলনা
অমূক অমূক চামথোকপীরি
মমায় তাগনি কাউববা খাইরম্বন্দ কৈথেনবু।
৩ জুলাই, ১৯৯২

# অঙৌবা উনপাক

অঙৌবা উনপাক মথক্তা লৈওন্দুনা
শান্নগদবগী থোবক্কি
অমুবা নৈবাক্কী মুশিল্লবা মীওইশিং।

অমম্বা লোমুংদা
যৌবকপবু মঙালনা মবক মবক্তা
খঙলক্রে নোংথাঙ কুপ্লনি হাযবা
থোবক্কে অদুনা
ঙান্দুনতা লৈবা মফম থিদুনা
অমুবা নৈবাক্কী মুশিল্লবা মীওইশিং।

হৌনা পোকখইখি। নিনখি।
বোমগী মৈখুনা কুপশিনখি
অতিযাসু মমিৎ থুপ্লদুনা হঞ্জিন হঞ্জিন
নোইবদা মমিত্তু ঙাংশং ঙাঙলকখি।
অতিযাগী মখাদা
মৈখুগী মনুংদা
নোংমৈ মখোলদি লেপত্রি।

অঙৌবা ফিনা কুপ্লদুনা
নুপামচা অমদি চাউখ্রবা সরক মথকসিদা
লৈবি। হয়িংনা তোংদুনা শাল্লরি।

অঙৌবা ফিদু হাইদোক্লদুনা
নুপীমচা অমনা তেংথারি
নঙগী মঙদি অঙৌবা ফিনা কুপ্লসিরা?

মচী মচীদা
চোইনা চোইনা তাদুনা লৈবি
অঙৌবা ফিনা কুপ্লদুনা
অমুবা লৈবাক্কী মুশিল্লবা মীওইশিং।

অমম্বা লোক্লুংদগী থোবকপদি লেপত্রি
অমুবা লৈবাক্কী মুশিল্লবা মীওইশিং
অঙৌবা ফিবু লাপ্লোক্লুনা
অঙৌবা উনপাক তম্না চৎকদবগী।
১১ আগষ্ট, ১৯৯২

## যোৎকী অহিং

মখোঙ থাংবা থোক্লবা অহিংনা
কপ্ল কপ্লদুনা
চেকপলদা মবাইবক শুজিল্লি

ঐবু অসুম্মক লোইবদবা
চেকপল মনুংসিদা
পদ্রাক তাববা য়োৎসিগা

অমুক শুগায়
অমুক শুদংলি
অমুক তিংথোকই
অমুক বোনশিল্লি
চেকপলগী মপুনা

অহিংগী মোল্লবা
তম্পাক্তা হীপ্লদুনা
শূপতেক নাতেক তাববা
য়োৎনা চোইবোল লোল্লি

নোংঙাল্লকপা

নোংঙাল্লকপা

মচীন মেল্লি
অহিংনা য়োংকী
তাখিগদ্রা মীপাইজদুনা
চেকপলগী মপুনা।
১৪ আগষ্ট, ১৯৯২

## উফুল পুবা শগোল

উফুল। থানা মংলবা উফুল।

শান্নখো লীলা
নঙগী উফুলনুংসিদা।

চৎলো চৎলো নুমিদাংরাইবমগী মালংবা
মবোল তরেংকী ফীজঙনি।
হাইদোকপীবনু।

হনখ্রো অয়ুক্কী ভাঙ্গান্নবা মশেক
পক্লিংদা উফুল।

পাখং ওইরিবা হনুবা শঙ্গু
লৈশাবী ফারবা হনুবী পরেং
কৃক কৃক ইন্নরি উফুলনুংসিদা
তোংগদবগী মেরিগো রাউওসিদা।

উফুল।

থংকীন কীস্থখি মনীংথংবা শরক্তু
ইকায়জদূনা মমায় লোৎখি
ভাইমখে ভজন শক্রখী নুপীমচাশিং।

পরপ পরপ মেনশিনখি
মমাঙ থংবা মরোলনা পাইশিল্লক্কুনা।

উফুল। থানা মংলবা উফুল।

নীংখায়খিগনু
লাক্লে উফুল পুবা শগোল কয়া।
১৯ আগষ্ট, ১৯৯২

## চোবফোন মচুগী ইন্নফি

অঙাং ওইবিঙৈদা।

লিম্ন্নেইগা ঐগা নুংতিগী শান্নমিন্নখি লাইফদিবী
মহাক্না ইনশিনবী
চোবফোন মচুগী ইন্নফি লাইধি খুদিংদা
ঐনা লৌথোকই অদুগা
ঐনা পামজবা নাপু মচুগী ইন্নফি অমুক হোংদোকই
ঐনা লোৎশিনবা চোবফোন মচুগী ইন্নফিদু
মহাক্না থিদুনা পুবক্নগা অমুক
ইনশিল্লম্মী ঐগী নাপু মচুগী মহুত্তা।
ইবানি তোযনা খৎনখি
ইবানিগী শাংতক তৌববা শম
য়াম্না ৱানা খাঙনখি।

য়ুম পাল্লবদা।

লিম্ন্নেইগা ঐগা উনখিদ্রে
ইবানিমক মমা অমমম ওইরবদা।

নীংজোন ময়েরবা ঐগী শন্নাংনা নাংশংহান্ন লিপ্লোহবু।
মাগী চুং ফীরান চারবা শাবান
য়েংবগী পেন্নাইদ্রবা মায়থোঙ
ঐবু উবদা কিবনা নীকখিবা মাগী শম
লৈরমখিগনি লেঙদনা।

অরোইবা উনবদা।

মহাক কু মনুংদা হীপলম্মী
ঐবু উবদা কিবনা নীকখিবা মাগী শমদো
ইচাই চাইনা তারম্মী কনামত্তনা খোমগৎপিদনা
ঐগী খুৎ অনী তিংথোরকপদা লিপ্লোইগী শন্না
শুৎ শুৎ কপ্পকখি। মহাক্না পামজরম্বা
চোরফোন মচুগী ইন্নফিদু পুথোক্কুনা
কুপকে তৌবদা মাগী মশাদা
তুংদগী অঙাং অমনা খামই
ইন্দোমচা ফি অসিগী মচুসি ইমাগী য়েক্লবনি।
ইমাবু মচু অসিনা মাঙহনখিবনি। ফিসিনা ইমাবু কুপ্লিগনু।

ঐগী মীত্তা মশেন মরাং উরকই ঐনা লোৎশিনখিবা
চোরফোন মচুগী ইন্নফিবু মহাক্না কোইথি থিদুনা
ইনবিখিবদু লাইফদিবীদা।
২৫ আগষ্ট, ১৯৯২

# অফ্রিকা

নৈক্রক।

লাওনা চৎলবা নৈক্রকশিং
খোঙ কয়া পৃথত্রবা
খোঙ কয়া থুদেকত্রবা।

তেলঙ্গা পাইদুনা চেৎকপা অঙা শিং
তাশিনখি নৈক্রক মনুংদা।
মখোয়গী কপ্পগী খোঙ্জেলদা
নঙজা ক্কাকশিংনা পাইখোকখি।

পুংকক চাউববী নুপীমচাশিংনা
শেৎলিবা মফি মবোল শেগায় শেগায়দুনা
চাথোকই হউনা।

নোংথক্তা পাইবিবা এরোপ্লেন্দা
য়েংখৎলি খৌবাংনা
ঙক্কগী হেন্না নেঙবা ঙমদ্রবা

পূক পায়দূনা খাঙলিবা
মীগী পবেং পবেংনা
ঙাইরি থাদবকপা
বোম নংত্রগা চাক।

মশাগী
মনা থদত্তুনা শায়র শায়বগা
ওইনম্র
শঙ্গু শঙ্গু লেপ্লি
পাখং মচাশিংনা
লৈক্রক্কী অকোয়বদা।

চিলহাও থিববা মবৈ কয়া
মশীং লাকঙমদনা
থদত্তুনা চাইথোবক্লি
পাক্রবা অফ্রিকাগী লৈমায়দা।
অশিবা মীগী হকচাংশিংনা
ফূল্লগনি লৈক্রকশিং।
১৭ সেপ্তেম্বর ১৯৯২

## দিসেম্বর

অশূকপা উমং রামংনা
মৈ ঙুং ঙুং থাগৎলগা
অঙাঙবা শিন্দুব নমখি দিসেম্বরগী লাইবক্তা।
নিংথমথানা ফিবৈদা যেপ্লিবা
অঈংবা উনগী থাঙশাং শত্তোক্লনা
দিসেম্বরু কনগে হোৎনখি। ঙাখিদে।
দিসেম্বরসু ইকায়খি।
নীংথমথাসু মায়থীখি।
মরু নূক্রদুনা দিসেম্বরনা খুঙংগী পীক্রবা
যোঙলম্বীদা লাকপদা কনামতনো ওকপীবমদে।
য়ুমথোঙ খূদিংদা হনুবা হনুবীনা
ফূনাক্কী অকোয়বদা ফম্লগা
মশূশিংদা চাকঙাই রাবী নীদিবদু
থুগায়গে হোৎনখি। ঙাখিদে।
মখোঙ কাবন চন্দুনা হাইবং হাইবং থোবকই
খুঙংগী লম্বীদগী তাম্লা উবিবা
সহরগী লম্বী তম্রা।
সহরগী লম্বীদা তুফক তুফাই

চনখি। মুঙাওবনা সিফাই উবদা
মশা থুপচিনবগুম দিসেম্বর মখোঙ থাংফম
খঙখিদে। বোরা ইন্দুনা ফম্রিবা
অঙাওবশিংনা দিসেম্বরগী মতৌ উবদা
লক্করকখি। অহোবা এলুমিনিয়ম পুখমদা
তাক তাক য়ৈদুনা তান
থারকখি। শাউনিংলবা দিসেম্বরনা চোংশিন্দুনা
অঙাওবশিংগী মখৌবী মেৎকে তৌবদা নিংথমথানা
অঙাওবগা মান্নবা হৌনব্রা হায়দুনা
চিংথোকখি। উপাই নৈত্রবা দিসেম্বর
নিংথমথাগী তম্পাক্তা হীপখি। দিসেম্বরগী
লাইবক্তা কাবক্রিবা হমাং মবীকশিংদু
নিংথমথাগী পাববা ইন্নফিনা তপ তপ
নপথোকপীখি। নিংথমথানা চৎখিদনবা
শেন্নজৈ। দিসেম্বরনা চৎকদবগী শেম শাবকই
মাবু শেন্নজবদা ব্রাববা নিংথমথানা
উইথখিবা মীৎকুপ্তা।
মীৎকুপ্তু লাকপদা দিসেম্বর চৎখ্রে তুমিন্না।
*৩০ সেপ্তেম্বর, ১৯৯২*

## নহাক্তি উদ্রে

তৎখি
মখীদু
অদুগা
কায়নখি
ইবানী

তোয়না
উখি
নখূৎমক্না
অমুবা মায়খুম কয়া
শেগায়হৌবদু

মীয়াম হপ্না
অচৌবা মীফমদা
নহাক্তি
উখিদ্রে

নগুকশমদা

মীয়ান্না হুকখিবা
লৈশী পরেং
নখুৎমক্তা থদত্তুনা
চাইথোক্লবা
শাংলবা লম্বীসিদা
লাক্লি মীয়ামদি

নহাক্তি উদ্রে
অসুম অসুম
লাপথোকখ্রে
২ ওক্তোবর, ১৯৯২

# চীংলৈবাক

তূমিল্লা লেপ্লিবা চীংগী পাক্লবা লাইবক্তা
তক্লনা শান্নবকই লৈচিলগী লাইবক্লা
অতিয়াদগী নোঙ্গবক্লগা।

তূমদুনা লৈবি চীংদি।

চীংলৈবাক্কী নুপীমচা নুপামচাশিংনা
পিক্লিক্কী চাক চারি চীংখোঙদা
জগোয় শাবি
হৌববা তেপ রেকোর্দবগী ঈশৈগা য়াওন্নদুনা।

চীংদোনগী পাক্লবা হেলিপেদতা
হেলিকোপ্তরনা ঙংলদুনা তাশিন্নকপদা
ইকুজরম্বা চীংলৈবাক্কী নুপীমচাশিং
স্বর থবেং থবেং হোল্লদুনা
ময়ূম য়ৌনবা চেনশিন্নখি।

তূমদুনা লৈরি চীংদি।

লংগুং শিবা অঙাংশিং
শান্নরি চীং কাবী।

চীংলৈবাক্কী মমাশিং লেপ্লি
মৈনম প্যায়দুনা অহিং নোংশোইবা
মায়োক্লদুনা পরার স্তেসনগী শাল্লবা মৈঙাল।

তুমদুনা লৈরি চীংদি।
৮ অক্টোবর, ১৯৯২

## কাগী ভাবা

নুংশিৎনা কন্না শীৎলকপদা
ঐবুদি ওমদ্রি
হুমদোক্তুনা পুবা মফমসিদগী লেপ্লিবা

ইনাক্তা য়োম্লিবা যামথ্রবা
কাওশিং
হুমদোক্তুনা পুখি লাপ্লা
য়ানিংদবগী মতৌ'মদি উই
মবমদি ঐঙোন্দা যান্নবগা ফ্রিং ফ্রিং চোংলম্মী

ভাবা চাদুনা নৈবিবা অমম্বা বা পুন্নমব
হাওবা নৈত্রি
নৈগদবগী লাকপস্ু লেপত্রি
অমম্বা কা অমদা মীৎকুপ'মক্তে ঙৈদস্ু

অমম্বগী সিবিদা কাখৎলক্তুনা
ঐবু থিবক্রি নঙনা
থাগী ভাবা পীগদবগী

ঐসু খঙলে হৌজিক্তি
নঙনু উরবদি থা মপুং ফাবে

পীবক্সী থাগী ভাবা
অদুগা অমম্বা সিবিগী পাম্বৈদুদা
নখুৎনা শীংল শীংলদুনা কুমথখি
নঙগী অমম্বা বাদু তম্না

লেঙদ্রবোই নীংই পৃথিবী
লেপদ্রবোই শল্লি নঙগী যক্লাং ঘড়ি
অদুবু ঐমশ্নসিদা অহোংবদি লৈদি,
মবল্দি নহাক থা য়েন ফাবকপগা
কাগী ভাগ শীক নাইবা
১০ অক্টোবর, ১৯৯২

কোয়চেন চেনখি
পুমলাঙ লাঙনা।

মহাক্লা খামখি
ঙাইখো
চেনখিনু
চেনখিনু ঙাইখো।

চেনবদি লেপ্তে
পঙচেন্দা চেন্নখি।

চেনখি মহাকসু
খোম্লুনব মীযাম
অদুগা লাউনবা অমুক।
২২ ওক্তোবর, ১৯৯২

# পৃথিবী

পৃথিবী
নঙগী চাউববা শায়োকশঙসে কোমগোম্নবে
অমত্তা অদ্রে ফাজিন পুনশিনবা

যুগ কয়া চঙনা নঙগী ফৈগলদা তাদুনা শেম্নকলিবা
শাংলবা থৌবীস্
অসুম অসুম চঙখ্রি লোক্লুংদা

অতিযাব্ শেম্নবিবা
উচেক মচা মচাশিং
পাইরম্মী মনিংতম্ন অদুগা তাবকই
পোপ পোপ
নঙগী চাউরবা শায়োকশঙসিদা

অহাঙবা অতিয়াদা থিল্লকই
রোকেট শঙ্গুনা
কুমগাংদনা পোকপা সেটল্লাইটশিং
চংফম লৈতবগী

চাফম ফংদবগী
লাউনে থংনৈ খেনায়নে
অমণা অমণা লৈতন্নাইদ্রে মশেল অতিয়াদা

অতিয়াগী মীংতম্বা ওক্রবা
উচেক শদু শদু পাইথরক্রে মনাক্তা ওসিপি
অকায়বা রোকেট মচেৎশিং চিক্রপুনা মচীন্দা
মহমদা খোংলিবা চন্নাত্নবা মচাশিংগী
অহাও অথুম উচে হাহৈগী মহুত্তা
৩১ অক্টোবর, ১৯৯২

## ঐগী লম্বী

ঈরাকপা হায়বা অমমুক
লৈরিবরা
অসুক কুইনা মৈরিথক্তা
ঈয়োয়দুনা লৈরিবা ঐঙোম্পা

চেন্নি
শীনবা থুংনা হকচাং কয়াং
থুদিং চেন্নি
অঙাঙবা ঈ
ঐখোয় থুদিংমক
জাপানিজস্ কোরিয়ানস্ জর্মনশিংস্
অমেরিকানস্ অফ্রিকানস্ ইন্দিয়ানশিংস্
রুসিয়ানস্ ইরানিয়ানশিংস্

ভেংথাই
থম্মোয় শোক্না মমা ওইবীশিং
ভেংথাই থম্মোয় শোক্না
মচা কায়নবদা

মমা খুদিংমক
রুসিয়াগীসু চিনাগীসু অফ্রিকাগীসু
ভিয়েটনামগীসু ইরাকিসু লাওজগীসু

ঐগী পুন্সিসিদা
ঐগী থৌদোক খুদিংমক ৱারী অমমন্নি

অশংবা লবুক্কা
সনা মচু ওল্লকপদা
পাইরক্লস্না উচেকশিংসু অসুম হোংলক্নি

চপ মান্নবা মনুংসিদা
খোয়রকপদগী মপাস্লোংগী কুয়োমসিদা
ঐহাক অসুম ওল্লকলি
খাঙবা অদবগী মনুংদা
খাঙবা হৈনবক্কুনা
মৈরীথক্তা ঈরোইবা

গেট টুগেদরদু
শাথীনা য়ামই মী
ৱাহৈনা খুৎলাই ওইজবা শৈবেং অমা পায়বদুনা
থৌনা ফনা ঐহাক্কা
লেপমিন্নখি নিউক্লিয়ারগী খুৎলাই পায়বশিংগা
ফোটোগ্রাফবদু থাজদদুনা
নাম্ম উইশিল্লুববা মমীত্তু
পাঙথোক্লগা লাওনা অনীমক
য়েংলকখি শংত্রিক
ঐঙোম্দা

ঐহাক হৌজিক্তি চৎপা তাবি

শাংনা
চোকথবা অমসুং নিংহন্নবগী
কুরাংবান শেগায়রগা
মৈফম ওল্লবা নৈমায়সিবু
ঈংহন্নবা

লাকখিনি
ফেয়ারৱেল পার্টি অমদি শোযদনা
ঐহাক
নংবা য়াই নংদবা য়াই
শব্দক য়াবা
পার্টিদুদা পানবা শৈবেং অমদি ইবে
ঐহাক
পাবা নংবা যাই নংদবা য়াই

৭ নবেম্বর, ১৯৯২

## শকখঙনবা

হুন্দোবকপা অপুম অশাশিং
হনগায়বি
অদুগা চাবি
অপুম অশা চাবশিংনা

চায়খায়বিবা অপুম অশা মবক্তা
শাংলি নৈ কয়া
হৈননা

লমবোযবশিংনা ঙাইবি অয়া-চে
চঙদুনা য়েংনবা

অয়াবা ফংলবা লমবোযবশিং
চঙদুনা য়েংলি
অপুম অশা চাবশিংনী
ফজববা শাবান
১৩ নবেম্বর ১৯৯২

# যুমদোমপোক

থাববা উনগী মৈপে মৈপেনা
কুপশিনখ্রে লম্বীসে
অমত্তা ঙাইবা যুমদোমপোক্কা তাবা।

চহী চা কয়া কয়ামা
হিংমি বক্লবনি যুমদোমপোকসিগা।

যুমদোমপোক থাদোক্লনা চৎখ্রবা কয়ামা
নীংশিংনবক্তনা মসিগী নুংঙাইবা
থিবক্লি লম্বী
হৌজিক্তি উন্ন' কুপশিনখ্রব'।
২১ নবেম্বর ১৯৯২

# ইম্ফাল

১
তেংথারি
সনা য়ানবা
অঙাংশিংনা
২
ইম্ফাল দিমাপুর লম্বী
ইম্ফাল জিরি লম্বী
শিংলি নাউবী
৩
পীক্রবা লৈকঙলাদা
পীক্রবী নুপীমচাশিংনা খীক্রিবা ঈশিং
চাউবা হেন্দনবা ককথৎপীববা
পাম্বী মচা মচাশিংগী পি
লৈতেংদুনা থম্বীববা ঙাজাওশিংগী
ঙাইহাক্কী মীনোক
৪
য়ু ঙাওরিবা ফুট পাথনা
লক্করি অচৎ অওকশিংদা

৫

বস

মথং মথং

থুংলৈ মাযকৈ খুদিংদগী

উফুলগী নম্বো পোরদুনা

যাম্না নানবা মী

যাম্না মোংপা মী

ইতোং তোংশিন্নে

খাইবমবন্দ কৈথেনগী খুজেং অমীনা

ফিজোল অমতা শেংচবা ফংদ্রবা

য়ুম মচা মচাশিংনা ইকাযবদুনা

পাক্লবা খববনা কুপশিল্লে

শিনবা থুংনা মশাবু

৬

লৈ পীক থন্না হাপ্পুনা

নীংথিনা লৈতেংলবা য়েন্দায়দুদা

য়োল্লি

খুবাক অহুম্নক খুবমদনা

লৈদুনা পুখি

৭

মৈ

ঈশিং

নুংশিৎ

কৈদৌনুংদা থাদোক্লদে

৮

হোটেলগী মপাল অকায়বা গ্লাসকা

ফোরেন তুবিষ্টকী চীনবানগা চুপ্পবা

৯

চেঙ

হৱাই

থাউ

থূম

কাববার শেম্দোং দলান

১০

ইম্ফাল

য়ূম্ফানদগী ইম্ফাল

২৮ নবেম্বর ১৯৯২

শাংলবা

গ্রেট ব্রালস্

জয় তৌরে

লমশাঙ চংপশিংনা

লমশাঙ চংপশিংবুস্

জয় তৌবিরগ্রে

লোম্প্রেক্তনা চংলিবা নুমিং থানা

৭ *দিসেম্বর*, ১৯৯২